# অতিয়াদ মুণ্ডকমুবা চাকথোং চক্ষু পাইরে !

কোন্থৌজম কালেনজাউ সিংহ

অফোংবা— মাঙ্‌জিং মৈতৈ অইবা মরূপ বড়থলা,
কাছাড় ৭৮৮১১১

# ATIYADA MUSUKMUBA CHAKTHONG CHAPHU PAIREY.

A book of Poems by—KANTHOUJAM
KALENJAW SINGHA

অহানবা ফোংবা— এপ্রিল, ১৯৮৫ ইং

নম্ফম— "লালা প্রীন্ট'স", লক্ষীপুর টাউন কাছাড়, ৭৮৮১০৩

মখুম য়েকপা অমস্তুং ব্লোক শাব— মৈস্নাম চন্দ্রমোহন
বিম্নাকান্দি, কাছাড়

মমল— লুপা তক্কক (৬.০০)




ফোংবা— মাঙজিং মৈতৈ অইবা মরূপ বড়খলা,
কাছাড় ৭৮৮১১১

# অফোংবগী ৱারোল

ঐখোয়স্না ঙসিদি তুমিন্না খঙ্শনদব উশনদব তাশ্নদব অদু ফাওবদি পামজগ্রে অদুনা হৌজিক্ অনৌবা খোঙ্শান অমা হৌরবসিনি।

নৌরিবা নহা ওইরিব কোন্থৌজম কালেনঙাউগী শৈরেং লাইরিকসিদ মনুং চমবা "ঐ অমস্তুং ঐখোয়না পামজব ঈশৈ" অমদি "চৎনবী" হায়ব শৈরেং অনিসিনা ঐখোয়গী পামজব শৈশক অদু নিংথিনা ফোংদোকলবনি। মাগী খুৎইসিনা মনিপুরী সাহিত্যগী জগৎতা খরামখৈদি খোংফমচেৎনা চংশিল্লে হায়বসি ফাওবদি হায়নীংলে। মসিন মাগী অহানবা খুৎইনি। অতৈস্তু খুমাব নহা ওইরিব কোন্থৌজমগী খুৎতগী অনৌ-অনৌবা পোৎথোক্ পুথোরকখিগনি হায়বা আশা থমজরি।

বানানগী মতাংদ মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ঙসিফাওবদ অরেপ্পা পথাপ অমা পীব ঙমদব অমস্তুং ঐখোয়না খর শোয়খিবগা য়াম্না শাথিনা চনৈনব অমদি ওইরে হায়বসিদি হায়দব য়াদ্রে। অদুবু সাহিত্য পরিষদনা অরেপ্পা বানান কাংলোন অমা য়াংনা পুথোক্-পীরকনি হায়বা আশা থমজরি। মথংদ পরিষদনা তাক্-পীরকপা বানান কাংলোন'দু শোয়দমক্কি ইনজগনি।

লাইরিকসি পুথোকপগী মতাংদ লমদমসিগী পুকচেল চাওরব ওঝাশিংনা শেল ঙংবাংবিরকপতনা লাইরিকসি পুথোকপা ঙমজবনি। মদুগী দমক ওঝাশিংগী মফমদ "অইব মরূপ" 'সিনা তৌবিমল থংবা উৎচরি লোইননা থম্মোয় শেংনা থাগৎচরি।

অরোইবদ লাইরিকসিগী প্রুফকী মতাংদ ঐখোয়গী মরূপ ওঝা থোক্চোম বিশ্বনাথ অমস্তুং "লালা প্রীন্টর্স" কী খুৎপুনা

দায়িত্ব লৌবিহ্না লাইরিকসি মতম চানা পুথোকপা ভুমজবনি। মহুগী দময়ক চাওরবা লমন তোনশিনজরে, "অইবা মরূপ" সিনা থাগৎচরি।

জেনেরেল সেক্রেতাবি

না'ওতম কৃষ্ণকুমার সিংহ

মাঙ্‌জিং মৈতৈ অইবা মরূপ

বরখলা, কাছাড়

৭৮৮১১১

তাং ১৫ এপ্রিল '৮৫

বড়রামপুর

# অইবগী খুৎতগী

"মাঙ্‌জিং মৈতৈ অইব মরূপ" না ঐগী শৈরেং লাইরিকসি পুথোকপিবগী দমক তৌবিমল খংবা উৎচরি।

লাইরিকসিগী মনুংচনব শৈরেং "নিংশিংজব" হায়ব শৈরেংসি ঐনা বাংলাদগী হন্দোকখিবনি অহুবু করম্বা লাইরিকতগীনো কনানা ইবনো মহূ ঐহাক ভাবনা লাম্বা ফংজদ্রে। মহূগী দমক লাল্লে হায়বা অইবগী মফবদ এপোলজি তৌজরি।

করিগুম্বা কনাগুম্বনা অইবহূগী মীং অমস্তুং লাইরিক 'হূগী মমীং তাকপিরকলবদি তৌবিমল খঙ্‌বা উৎচগনি। অমনা মসিগী শৈরেংসি ঐনা ঐগী লাইরিকসিগী মনুংদ য়াওহনবগী মরমদি ঐনা য়াম্না শাথিনা পামজরুবদগী হাপচিনজবনি। লান্না লৌবিগনু।

অতৈদি করি অমুক হায়গনি?

কোন্থৌজম কালেনজাউ
১৮/৪/৮৫ ইং

# লৈচন

## অতিয়াদ মশুকমবা চাকথোং চফ, পাইরে !

মাইকৈপুম্বা নিল্লী, ইনকিলাব—জিন্দাবাদ !
প্রজা মীয়াম লাওরি, নীংতম্বা মুমিংনি ঙসিদি ।
মরি মরি চংলি তেরা কক্‌চেংগুম লেপ্পা লোইবা নাইদে ।
হরাউরি অতিয়াদ পাইবা চেক্লা কয়াম্মু,
নোংমদোন খেংনা পাইরি মচু অহুমগী ফিরাল।
রায়েলশঙ্গী মতোন্দম্মু, অচৌ অশাংগী বাংলোদম্মু ।
লৈরক্ত খুল্লক্ত ফিরালপাইদে ।
মুঙাইবগী খোঞ্জেল, হরাউবগী ঈশৈ,
তাদে করিমতা ঙাদে
ইনকিলাব জিন্দাবাদ !
পেনদবা, মুঙাইতবা, অরাবা, কপ্পগী খোনথাংনা
অরাম খোরাংবগী মৈচাক্লা লৈরক খুল্লক শঙদে,
তাদে, উদে, রায়েলশঙ্গী ফিরাল,
বাংলোদগী খোরকপা খোঞ্জেল
ইনকিলাব — জিন্দাবাদ !

২

থংনরিবা য়ুমদ অঙাং কপ্পী,
মতৈ মনাও ফুনৈ, খংনৈ, কপ্নে
চাবা চাদবগী, শেংপা-শেংতবগী।
মমানা চাখুমদ চংখিত্নুনা
চাকথোং চফুদো পুথোরক্লগা কপ্লিবা অঙাংহৃদ
পায়হুনা শানহল্লি কপ্পা ফননবা
কপ্পা তোকতে। থোয়নহুম কপখংলকই।
মমানা মচাগী অরাপ্পা কোকহনবা ঙমদ্রবদ
পাম্বৈ লৈরকত্রহুনা চৈশাং অমা পায়রগা
অমুবা মুশুক্‌মুবা চাকথোং চফুদো
চৈশাংহুগী মতোন্দা থম্লহুনা
অভিয়াদ ব্রাংনা থাঙ্গলগা
কোক্‌ কোক্‌ নিক্লক্‌ই।
অতুগা হৌনা হৌনা লাওরক্‌ই
"নিংতম্বা নুমিৎনি ঙসিদি।"

১৬ আগষ্ট ১৯৮১

# "পেলেষ্টাইন তম্না পাইশিন্থিবা জেট্প্লেইনদ্দা"

লাংজাদোনা পাইবিবা জেটপ্লেইন
নঙ্ ভাহ্না চৎখো
ঐনা শকলিবা ঈশৈসি
তাখো নঙ্, নিংথিনা ভাখো
মমা লৈবাক্ নুংশিবগী রাখল
ইমা লৈবাক নিংতম্বগী মৈরী
নিংতম লাম্মীশিংগী থম্মোয়দা
নিংতম লানফমদা
নঙ্গী বোম, তোপ,
ক্রেঙ্ক, টেঙ্ক
জেট প্লেইন
লাংজাদোনা পাযশিন্দুনা, উফুল ওলহন্দুনা
বোম, তোপকী মৈখুনা অতিয়া মম্শিনগ্রবস্থু
নিংতম মৈরী মাংফদে।
তকখাযদুনা কপ্থাইদুনা
নিংতম ঈহৌ
ঈহৌ নীংতম ঈহৌ
থৎকে থিংগে খনবা
হুই শঙ্গ্, শঙ্গ্ খোজন্দুনা
অবেম্বনি অরেম্বা।

২৫ ডিসেম্বর ১৯৮২

---

## হৌদোং ওনথ্রবগী মতুংদ

কৈশিংদো হৌদোং ওলহন্দুনা য়ুমলক্ত থাবিরক্লে
মীরক্ত লৈবা য়াননবা
মীনা মুংশিবীনবা
উচি লৈ হায়না খন্নজবা লম্নশিংত্তুদ ।

মীয়ামস্তু হরাওরে !
( উচি লৈ হায়না খনজবশিংত্তু )

অত্তবু — লাইরবী মমান শঙ্গোম লীক্লামুক্তং
অঙাং থক্লবা
ফুঙ্গাদ য়াইত্তুনা থমজবা
শঙ্গোম চফুদো থুগাইবীগ্রে !
আঃ ! ওস্থোকপনি মুঙাইতেদ !

লাইরবী চাদবনা খোমলাং কঙ্গ্রবী
মমানা মচাবু মথাদা কোন্দুনা
থাশিগী শুক্না মম্লব নোঙলৈ মুংশিংকী অহিংসি
কন্নম্না লেনগনি ?

২৫ ডিসেম্বর — ১৯৮০

ঋতু অমথক্তা

মীনদি হায়নৈ :
ঋতু তরুকনি -
ওলাং থা
নোংজু থা
শরৎ
হেমন্ত
নীংথম থা
য়েন্নীং থা
লাইরবা ঐখোয়না থেংনবা উনবা ঋতুদি
গুপ্নগী অমথক্তা
—অরাবা।

১৫ এপ্রিল ১৯৮৪

---

রোমান্স

রাহং অমগী পাওখুম অমদ
থোইবীনা অস্নুম খুমলক্‌খি,
"খঙবুদি স্কুটার মৈখু মনম্না কেন্নহুম নুংশি
করিগী ?
যুগসিনা
লমদমসিগী হরা-নুংশিংসিনা
নত্রনে রোমান্স ??"

৫ নভেম্বর ১৯৮৩

---

ঙ

"ঐখোয়না ঙাইজরি"

ভারতবর্ষগী পুক্সি নোঙাজমদাইসিদা—
অহীংগী মীনা, অমম্বগী মীনা—
হৌজিক ঐখোয়গী লৈবাক্তা—
অহীংগী কুমৈ—
অসুম অসুম মতোইশিল্লক্ই
অহীংগী ভাবোকস্থু
অহীংগী জগোই শাবীস্থু
অসুম অসুম হেনগৎলক্ই
অতুনা—
মেমা- নাইট
উষা উথুপ- নাইট
বাপ্পী লহিড়ী- নাইট
হেমা- নাইট
নাইটকী নাইট গার্ডশিংস্থু
নাইটকী - কুমৈ লাংলি।
নাইটকী নাইট ঙক্ত।
ঐখোয়না ঙাইজরি—
নাইট লোইগ্রগা
অযুক অঙনবগী
ঙাংঙানব সনা মচুগী মুঙিংকী মঙাল।

মার্চ— ৫/১/৮৪

## "নূঙগি মূর্ত্তি"

হে লৌমী, নঙগী লাইবক নঙগী পুন্সি
লৌবুক্ত লমহাংদ, নোংজু মুংশাদা
নঙগী থম্মোয় নঙগী ব্রাখল নঙগী থৌদাং,
ফিদমনিঙাই, খুরুমনিঙাব, ইকায় খুম্নফম।
অত্তবু —
চাখুম লৈতে নঙগী, হীপফম লৈতে, লৈফম লৈতে
লৈরংদা মৈ চাক্তে, — অঙকপনি অঙকপা!
কোক্তগী হুমাং ওরো-রো খোঙ্ফাও শিনথৈ
কালেনগী শারবা মুংশা, নঙ শাদে?
নোংজু মুংশাদা, নোংলৈ মুংশিং খাক্পা লাউবা নঙগী লাইবক?
মৈরিকপী মৈজাউবী পিং লাওবী—
নঙোন্দা বিদে। করিগী?
নঙগী মুপী অঙাং নমা নপা হীংবগী
খজিক্তং হীংবগী।
পৃথিবীসি নঙগী নত্তে? নঙগী শরুক য়াওদে?
নঙ পৃথিবীদা পোকপা নত্তে? নঙগী পোকুফম শুন্দ্রং?
নুঙগী মূর্ত্তি! অয়েকপা মী? মেশিননি নঙ?
রা ঙাঙ্। রা ঙাওকনি।
মতমঙুদা পৃথিবী নঙ খঙ্—
নঙগী হকচাংদগী চেন্থরকপা হুমাংগী মঙুৎতা ঈ তনা
অশংবা লৌবুক ঈনা পুমঙাং ঙাংলকপা য়াই
মঙুদা অনৌবা পৃথিবী, লৌমীগী লোয়শংদা
শান্তিগী শম্রিক য়ৈরকনি নূঙগী মূর্ত্তিনা।

মে ২, ১৯৮২ ইং

---

## হে নুঙাইবা

ইবুধৌস্নু
ইবুধৌগী ইপুধৌ
পুরেনধৌগী পুরেনধৌ
ইপাগী ইপাপোক্‌পা ইপা
পুম্নমক্না হায়রম্মী
নুঙাইরখিনি—
লাইরবা ইনাখুনবা খুবাক থুংনমনি।
যুগ যুগ কয়া হৌখ্রে
পৃথিবী লৈবা লেপত্রি
কয়াম কুইনা ঙাইখোগে
হে নুঙাইবা ??

১৫ জনুয়ারী ১৯৮৪ ইং

---

## হৌদোংনা উচি ফাদ্রে

উচি ফানবা য়োকপা
ঐখোয়গী হৌদোংশিংদো
উচিগা মরূপ শাম্নখ্রে!
চেকশিল্লো মীয়ামপুম্না নঙ্গী নঙ্গী
লৈজবা হৌদোংদ ইনভেষ্টীগেসন তৌরো!
হৌদোংনা উচি ফাদ্রে
হৌদোংগা উচিগা মরূপ শাম্নখ্রে।

৯ জানুয়ারী ১৯৮৩ ইং

---

ঙসিগী খোঙ্চৎ

হৌজিক থা শিথরক্পগী অহিংনি
খোঙ্চৎসি মৈগী খোঙ্চৎনি
উমঙ্-রামঙ্ ছু-খোং
শাহিং চাবা ফিংচা য়াইতবা
তমথিরবা শা কয়া কয়া
অকুৎ-অভোং
চীঙ্-মান কয়া কয়া
অমম্বা অহিংসিদ মায়োক্লহনা
অম্নুম্ অম্নুম্ চৎখৎপা
লেপ্তবমখৈ —

তমপাক্'মদি ফংলবা য়াই
অয়ুক অঙনব'মদা
নুমিৎ অমম্ন ।

৭ ফেব্রুয়ারী ১৯৮৪

---

## লমদমসিগী শাবী-শানৈগী ইতিহাস

লমজাউসিগী মচু মচুগী স্ট্রীট লাইটকী মঙালদা
লেটেষ্ট ডিজাইনগী শাবী শানৌ কয়া কয়া
মাগী মাগী হৈনজবী শাথেক্না লোয়নন্না
লেংজুমগা লেংজুমগা তকখাইনহনা
মুংশিবা এক্সচেঞ্জ তৌনজৈ।
মসিদগী খজিক্তং চংলগা
অমম্বা গলিসিদা
লেটেষ্ট ডিজাইনগী শাবী শানৌশিংদো
খম্মোয়গী মুংশিবা লামায়
শেগাক্ শেগাইনা ফাকতোক্লি
মথং মথং মথক্তগী মখা ফাওবা
পারা ওঁরাইবী।
মুংশিবা লমদমসিদা অপাম্বা ডিজাইন
মনতিক্লবা য়াই।
চাবা চদবা চাখুম চকুইরাম ষ্ট্রাইক তৌরবস্মু
মশা নাম্বা লেটেষ্ট ডিজাইনবু ওইরবদি—
খুলাংখা তৌজদ্রি।
সি, আর, পি নোংমৈগুলিনা
আসাম আন্দোলনগী বোমানা
হিংবগী অধিকারদা নোংমৈ কাপশল্লকাওবদা
লমদমসিগী শাবী শানৌদি
স্ট্রীট লাইটনা মঙাল ফংদবা অমম্বা গলিদা
মুংশিবগী লামায় মথক্তগী মখাফাওবা

শেগাক শেগাইনা পারা ঔরাইদবা য়াদে !
অতুগা মফমসিদগী খুজিকতং খোকলগা
রাজধানীগী লমজাউদা
শাবী প'নৌ লিশিং লিশিং
লিংবগী অধিকাবদা নোংমৈ কাপশনবগী মায়োক্তা
লোইবা নাইদবা কিউ অম।
ফেসিশতকী নো মৈগা লানথেংনরী
মসিনা লমদমসিগী শাবী শানৌগী ইতিহাসনি।

১০ নভেম্বর ১৯৮৩

---

## "লৈপাকসিগী কৃমৈ"

শহরগী লম্বী, গলি মীনা কৃক্ কৃক্ ইমৈ।
কার তোংবা স্কুটর থোবা
বাবু, বাবু পুকচোন্বা ফুরিংখাও চোন্বা;
হোরোন ভিং ভিং, মিং-না থুকই।
চাকনিবনা কৃক্ কৃক্ খুরক হাংদে
"বাবু পয়সা" চারাম চদংনবগী নিক্লবা খোঞ্জেল
মশা নান্বা বাবু উরবস্ু উশিন্নদে, তারবস্ু তাশিন্নদে।
মসিদগী খজিকতং চংলগা
গলিগী মরুমদা লৈরাং শাংনি দনা শাংলি।
হিংনবগী দমক। লৈরাংগী লৈনা তংতুনা ভাখিবা

করম্না লৈরাংনা তাহল্লীংবগে ?
পুকচোনবা খোইমু, কার তোংবা খোইরেন
ঙংহুনা পাইশিন্‌খী লৈরাংনা শাংপা মাইকৈ তম্না।
অভিসার হৌখি, আলিঙ্গন তৌনৈ
অমনা রাধা শাবা, অমনা কৃষ্ণ শাবা।
মী উনৈ। মী খংনৈ।
খুৎকা খুৎকা শম্নৈ।
যুগল মুর্ত্তি।
হিংবগী, লৈরাং শাংনিংদনা শাংখি।
মাগী মমা মপা মচিন মনাউগী দমক।
লৈপাকসিগী লমজাওদা মুমিং খুদিংগী
থেংনবা কুমৈ য়েংবদা ফনহুম মুংঙাই।
য়েংবদা ফনহুম মুংঙাই।

১৩ মে ১৯৮২

---

## পুন্সি অমস্তুং মৈ-নচিংব অতৈ অতৈ

(১) নুঙ্ ভক্থায়হনা মৈ ইক্লগা : বিলামাটি ।
লৈবাক মৈ ইক্তুন শেঙ্দোক্পদ : য়োং ।
হীদেন খোংবানদ থরো থরো ওন্দুনে ভাব নুঙ্ ।
শেক্তায়দ ইচাই-চাইনা ভাব লৈঙোই ।
শক্তম থঙ্না তিনশিনববু হৈরবদি : অনৌব নিংথিবা অমা ।

২৯ নভেম্বর ১৯৮২ ইং

(২) নুঙ্ থেংগাইনরগা মৈ হৌরক্পদ
হৈশিংজরবদি চাক্থোংদোক্কুনা চাথোক্লগা মুঙাইনা
পোত্থাহনা লৈবা য়াই ।
মতাচাদ্রগা য়ুমকৈ, ইতু-ইচা-ইশু, ঐ ফাওবা চাকথেকখিবা
য়াই ।

২১ মে ১৯৮১ ইং

(৩) থানীংবত থাজো মচু মচু
শাংনীংব লৈ শাংচশন্নু লৈকোলসিদ
মখল মথেলগী লৈনমস্থু নুংশিংনা হুমদোক্সন্নু
হেক্নীংবতস্থু হেকচো

লৈলাংবা হৈরগত লোইরে
নীংথিজনব মচু তাননব
থমানগী ঙক্শম্দ ।

১৯ আগষ্ট ১৯৮১ ইং

(৪) হৌজিক্ ঐবু থবক্ খিব চৎলু তাক্পিরনু
জংগলদগী নোংশা ইখুৎমক্লা ফারুচো হায়বিয়ু ।
নচা ডজন ডজন ফাজরাক্তে
'ফুনফুম হেন্না মুঙাইদোমা্লি
সার্কাস উৎননবা ।

১১ এপ্রিল ১৯৮২ ইং

---

## ইন্টারভিউ

পাখং মচা, পাখং য়াইশ পরেং পরেং
ব্লাংবা, লূপ্সা, থাবাক
মথং মথং ইন্টারভিউ ।
তান্থোকখি মশা ফর-ফরব
মথবাক্ত কাওরগা মেডিকেল ।
মাযদত যেঙি
মায়দত য়েঙি

সিন্দুর নমত্র ?
চন্দন থিনত্র ?

২৮ জুন ১৯৮৩ ইং

---

## "নিংশিংজবা"

যুগ যুগ খুদিংদা
ওইগনি ঐদি ইতিহাস
লানথেংনগনি
অরানবগী মায়োক্ত
ঈ-চুপ্পশিংগী মাযোক্ত।
ঐগী রাখল, উৎনা কুপ্পা মৈগুম
লৈগনি পুন্সি চুপ্পা চাকতুনা।
ঐদি লেংলোই।
অমুকস্থ লাক্কনি।
নুমিৎ-থা, থরান্মিচাক
নুংশিংসে, নোংলৈসে, মালেমসে।
ঐগীনি, ঐগী চান্নবীগীনি, ঐগী ইবুধৌগীনি।
ইমা—
সমাজনা ঐবু হাযসন্নু সমাজকী য়েক্লবনি।
অদুগা নংগী চিন্বালদা ঙমজবমথৈ
তুকৎচবগী মৈরা শন্দোকচৌ।
ঙকতনা লৈয়ু নঙ্
পাপ চেন্দ্রব অঙাংশিংনা
মীং পাংলকপা মতমদ
কবি পাওখুম পীগনি নংগী রাখলনা?
নত্তে নত্তে ঐদি ইতিহাস ওইগনি
মহাদেশ পুম্নমক্কা ঐনা অপুন্বা পুরক্কনি
চরা-নাম হেনবা মী, অরাম খৌরাংলবা মী
লাইরিক ময়েক চৎত্রবা মীওইশিংনা

পুনশিনহল্লকনি।
পাপ চেঞ্জবা অঙাং শিংনা চংপা মুমিংগু
ভুমিন ভুমিন হায়রমগনি
ইনকিলাব জিন্দাবাদ!

১০ জুন ১৯৭৭

---

## 'দ্ওইরবদি ঐখোয় হৌজিক করি চাগনি?

চাক চাব ফংলক্ত্রবসিদ
লৈবাক ফকুনদুম চারসিরা?
অদুস্মু ইরমদি লৈস্মু লৈজদে।
'ভুওইরবদি কমদৌসিগে?
ভুরেল খোংবান চীংজাউ ফকুন চারগে খনবস্মু
ফরেষ্টারনা ফাবীদুনা জেলদ থম্বীরবদি
জেলগী চাকতুম চাদুনা হীংলগে খনবস্মু
ফাবীদদুনা থীংবিরবদি?
'ভুওইরবদি কমদৌসিগে?
খল্লু খল্লু নখোয়স্মু অমদি—
মাপীশিংবী উনাশিংনা চারসি কৈদৌগে?
অদুস্মু মণ ঈরোই পীজনব থমলিবনি
হায়রকলোইজ্রনে ইবুঙো?
'ভুওইরবদি কমদৌসিগে?

চাব য়াব অতৈ কন্নিদি লৈরী ?
"মুংশিং"
অহুনহুম ইঙ্ক-ঙ্কায়
কনামতন অপনব পীররোই
অহুবু অকায়বম'দি লৈ।
হেনজিন্ন চারবস্তু শোক্ অক্রম
হৌরক্লবদি হিদাক চাগে হায়রকনি
'হুস্থ পৈশা।
'হুওইরবদি কমদৌসিগে ?
খল্লু খল্লু পরপ্ পরপ্ অমদি হায়ু
"ঈশিং"
'হুস্থ তিনকাং ফত্তহৌদিঙক্তা য়াওরে
ফুংতোক্লুনা থকউ হাযরি ডাক্তববাবুনা
'হুওইরবদি কব্রি চাগনি ?
"ঘংগৌ"
সার লৈডব ঙমদ্রবসিদ লৌফমদ
হাপননব থম'লিবনি হাযবকনি 'হুস্থ।
'হুওইরবদি এখোয় হৌজিক কব্রি চাহুন
হিংগনি ?
"খী"
মহুনমুক কব্রি হায়রক্কব ?
নত্তনা মী চাবনহুম যরগদ্র ?
খল্ল্ খল্ল্
খল্ল্।

২৫ ফেব্রুয়ারী ১৯৮৫ ইং

---

চৎনবী।

নঙ্গী চোক্থরব হক্চাংসি চেৎনা কোমশিন্দুন
মতম হৌহনখিব পামজ্রে
চৎনবী।

পেরালাইস্ ওইরব হকচাং'হূদ'মুক
রেডিওলোজিগী মীৎয়েংসিন নঙবু কেনসারস্থ
য়াওরে হায়রিনে
চৎনবী।

'হূনা নঙ্বু লায়য়েংনব
হিসতরিকেল ডাইলেকটিভ মেতেরিয়েলিজমগী
খোঙ্চৎতা রিসর্চ অমগীদমক
চৎঙবা য়াদ্রে
চৎনবী।

১ জানুয়ারী ১৯৮১ ইং

---

ঐখোয়পী লম্বী

মকম

মতম

খুংলৈ-চারৈ

শাজুং-লীচং

মীওই-নাওই

ৱাখল-পুথন

হৱা-নুংশিং

খুংহীং-চাহীং

চাকচ

ফীজেং

হৌখিব

চংখিব

ঙরাং

ঙসি

হৌজিক

মীয়াম্না

কয়াম্না

পাম্বা

পামদব

চুনব

চুনদব

মতুনা অনৌবা ইভিহাসকি খোংথাং অমা।

১৮ ফেব্রুয়ারী ১৯৮৪ ইং

## থাঙ্‌স্থ বা হায়রক্‌ই

লৈরঙ্‌দ থাংগৎলু ।
মৈ ঙুং ঙুং থাজলু ।
থাউ হৈজল্লু ইথক্তা ।
ঙৌ ঙৌনীংবত ঙৌ ।
শা-ঙ' অালু, খামেন অতৈ অতৈ ।
হাওননব হাওননব ।

নোংমদি নখোয়গী মৈ থুৎখা'সিনা 'স্থম 'স্থম
কনসিনলক্‌পদগী ঐ'স্থম খাব
ঙ্‌মলক্‌তদুনা শেং লাওনা চিংখাইদুনা
পোকখাযবক্‌প য়াই
মতম'দুদ নখোয় লৈমাযসিদ লেপ্তুনা
লৈবা ঙমখিগদ্র ?

১৯ ডিসেম্বর ১৯৮৪ ইং

---

## ঐগী থুৎই

কোর্টকি ভেরেন্দদ ফস্থ
মুহোবি'দুস্থ ওইজররোই
হিংদব য়াদে হায়দুনস্থ
চিনফেন ফব উকিলনি হাযবিরবস্থ
ঐদি ।

১৩ জুলাই ১৯৮৪ ইং

---

"ব্রহ্মপুত্র"

ডাম তৌশি লাউ
ব্রহ্মপুত্র ডাম তৌশি লাউ
অকনবা ঈচেলনি অচৌবা ঈচাউনি
ঈচাউসিদা মী লিশিং লিশিং শিগ্নি
তুরেলসিদা ঈনা পুমঙাং ঙাংনা চেল্লি
লাইরবগী খাংপোকশং তেকহুনা তাওথরি
ইম্নাখুম্বগী ফুরা দলাল নোকমি-নোকমি লেপতুনা লৈহৌরি।
পাপ চেন্নবা অঙাংশিংনা তুরেলসিগী মথবাক্ত
খোংপাক্লা কাওরম্লগা মথম্মোয় শোক্লা হায়রম্লগা চংগ্রি।
"নঙ হিংচাবীনি নঙ নশানা নশাবু শেংহুনা চাই"
লাউ মীয়ামপুম্বা লাউ
ব্রহ্মপুত্র তুরেল ডাম তৌশি লাউ
তুরেলশিদ ঈশিং চেন্দবা কুইরে
তুরেলসিদ ঈ চেলকপ কুইরে
তুরেলসিগী ঈশিং থকভব কুইরে
তুরেলসিনা মী চাবা য়াম্লে
অহনা—লাউ মীয়ামপুম্বা লাউ
ব্রহ্মপুত্র তুরেল ডাম তৌশি লাউ
মসিনা লৈবাকসিগী অকবা ওইনি
মসিনা অমম্বা য়ুমসিগী মনুংদা
অনৌবা ঙমিং অমা থোরকনি
লাউ মীয়ামপুম্বা লাউ ব্রহ্মপুত্র তুরেল
ডাম তৌশি লাউ।

১৩ জানুয়ারী ১৯৮২ ইং।

## হিংবগী দমক

ঈ - চেন্থবক্ খিনি
ঈ - চেন্থবক্ খিনি
ঈ - চেন্থরক্ খিনি
চেন্থরক্ খিনি
চেন্থরক্ খিনি
ঈ-
ঈ-
ঈ-
ঈগী - ঈ-ভক্ত
লমজাউসিদ শাবী-শানৌ কয়া-কয়া
হনুবা, হনুবী খোংতেক্ মিৎতাং
লিশিং লিশিং পরেং পরেং
ঈ-কংলখিনি
ঈ-কংলখিনি
হিংবগী দমক
নিংতম্বগী দমক
অনেম অৱাংবগী মায়োক্ত
খেন্নবগী মায়োক্ত
ঈ চেন্থরক্ খিনি
ঈ চেন্থরক্ খিনি নিংতম লানফমদ
ঈ-কংলখিনি হিংফম লানফমদ
ঈ- কংলখিনি,

ইকুই কুইদন
ইথং থংহৌদন
ইনক্নক্না
নিংতম লাম্মীগী ঈতনা
ইরথিনী ইনিংতম্বগী ইতিহাস।

৩০ ওক্টোবর ১৯৮৩ ইং
গৌহাটি রাজবাড়ী।

---

## অদুনা

—অহুনা
হিংচা-য়াইতম্ব শা-ঙা ঙক্কন শোংলব উমংসিদস্থ
মী থর হীংলি 'সিকাওবদি
নীংশিংহনবস্থ ফৈ। খঙহনবস্থ ফৈ।
মৈ, ঈশিং, নুংশিং, বোম, তোপ্পা চাকথেকপ ঙমদ্রব
সনা লুপা থর।

২০ মে, ১৯৮৩ ইং

---

## ঐ অমস্তুং ঐখোয়না পামজব ঈশৈ

ইরোইথরোবীগী জগৎসিদস্তু
কেনসারগী মীংয়েংনমুক য়েংশিলক্লবস্তু
য়োংকী হকচাংসিদ।
ইস্পাতকী খোৌনাগা লোইননা
ষ্টীলগী রাখলদগী
রেডিযামগী ঈশৈ'মদি শকলমগে হায়বসি
ঐ ১স্তুং ঐখোযনা পামজব শৈশকনি।

১৭ মার্চ্চ ১৯৮৪ ইং

---

## টীকেন্দ্রজিৎ

টীকেন্দ্রজিৎ অমা লৈরম্মী
'হুস্নু হাংখ্রে।
টীকেন্দ্রজিৎ অমা লাকই
'হুস্নু ফাখ্রে।

টীকেন্দ্রজিৎ ফাহুনা থম্মা
নঙ্গী য়োংকী শারঙদ
নঙ্ মঙ্ মঙব ওইরমগনি।

১০ জুলাই ১৯৮১ ইং

---

## হেংগিং গার্ডেনদস্তু কৈ লৈ

যোম্বেগী থেরিন ড্রাইভতস্তু
কৈ থোক্লকই। 'মী' কৈ।
ইলেকট্রিক্না ইঙান ঙানবদ
অয়ুক মুংথিলদ মী চাই।

তপ্না তপ্না চংখি
হেংগিং গার্ডেন তম্ন।
অরাংব মথোল মথোলগী
বিল্ডিংতুদ চংখি
মকোয় নাল্ল-নাল্লহুনা।

খেনদে করিমত্ত চাকচ-শাজৎ, রাঙাং-শঙাং
শোংলব উমংগী খুহুপ তরা শাংব
মবাং তুরাংব কৈহুগ,

৪ জুন ১৯৮৩ ইং

---

## পুন্সি অমস্তুং থোং

উরোক থোংবু ওইরবস্তু
উগী থোংবু ওইরবস্তু
য়োংকী থোংবু ওইরবস্তু
বিলামাটিগী থোংবু ওইরবস্তু

থোং শাবৰু লেপত্রবদি
মুংশিব
চানব
অপুনব
ঈং-ঙপ্প
শুক্ শোয় শোয়দ্রে, ঐখোয়গী খোঙচংঙ ।

'তুনা থোং মৈ থাদোকপ
থোং থুদেকপ, কাংসুপতো
য়েক্লবনি ঐখোযগী পুন্সিগী ।

থোং শাব লেপ্প য়াদে ।
থোং শাব লেপ্প য়াদে ।

১৪ জুন ১৯৮৩ ইং

## হিবা-হিরোয়

মাঙলুবব মালেমগী মনি মতুম্
মুংলুরব মানবশিংগী মৈরা মঙাল
মাঙমদ্রব মায়থোংদ মীংলু মমোন
থাশিগী থোকঙমদ্রব থম্মোয় থাজ
থম্না, থমচেং, থরো, থারিক, থম্মাল
থোরকনি থরানগী থোংলব থাবলদ ।

লৈরুদ্রব লৈকোলগী লৈমা লৈহাও লৈয়েন
লৈনুংশি লৈরাং লৈচিল্লক্ত লোংলুরব
লৈঙমদন লেঙ্খোরকনি ল্-রা লাইজমুংদ।
তত্তনা তারুদ্রব তোংশাগী তরং
তঙাইফদন তারকনি তাইবং'সিগী তোর্বা'সিদ
তাওশল্লকপ তিনশিনসি তাইবং তাঙ্বলথক্ত।
হোনঙমদ্রব হিহোনবগী হৈকদ্রব 'হিহোন
হি রাপুম্বা হৈরকনি হিদোমসিগী হিথাংফম'সিদ।
হৌরকফমদ হনজিনথিনি হোংফদ্রব হৌনবীনি।
ঈহৌরক্লি ঈনৌ কয়া ইংলব ঈচেলসিদ
ঈ-কংবৈদ ইম্নরক্লি ইরৈবাক্তী ইতিহাস'মা ইনিংবগী দমক
ইখঙ্-খঙ্হৌদ ইনশিনগনি ঈপাক্তগী ঈয়াইদ।
চংঙমদ্রব চীংমাষশিগী চাওরব চীংজাওসিদ
চাকথোকপ্রব চারাশিংদো চাংখংলকখিনি চনিংতান
চংলখিনি চাক্ল চাক্ল চা'ম চা'মনা।

১২ জুলাই১৯৭৫ ইং

## নিংতম চেক্লা

পাইবক্রে নিংতম চেক্লা নোংমদোন খেংন।
খোংলক্লে মনাপুংবা মালেমদ মখৌপোঙনা।
চেক্লাগী খোঙেল তাবদ শ্রীকৃষ্ণ থক্-থক্ নিকই।
নিংথিরব শাখপ্ শাথেক্তী শক্লমদা রাজভবন নিংখায়রকই

হে কঙলৈপাক্কী নিংডম চেক্লা মালেম খুংনা পাইরক্লো
নঙগী ঈশৈ অশংবা লৌবুক্তা ডানবা শক্লো,
কারখানাগী মেশিন মখোন নঙগী ঈশৈগী স্বুর ;
অশংবা লৌবুক্কী জগোই পৃথিবীগী সেতার ।
খেন্নবা লৈঙে নঙগী ঈশৈদ য়োং, থাং, লৈবাক।
খুং থিন্দুনা ডাকলি হামলব পুক্কী শান্তিগী ভম্পাক ।
চীংলক্তুগী খোংলক্‌প নঙগী মুংশিরব খোঞ্জেল,
লোকচপ্তুগী হৌরকপ নোংমদোন খেংনা রাংব পামেল।
পৃথিবীন উরগা কারখানাদগী হরাও মোমোন নোকচৈ,
অশংবা লৌবুক্লা তারগা ইপোম নাইনা জগোই শাজৈ ।
কৌরকলি চেক্লা নঙবু অনৌব পৃথিবীগী অনৌব মীওইশিংন
পাইরক্লো চেক্লা শাখপ ডোইনা মালেম থুংন
নোকচরি হরাওনা নঙগী শক্তম য়েক্লগা,
শুমহংলি মালেমগী নাপী, মুঙ লৈবাক, নঙগী ঈশৈ ডারগ
নঙগী ঈশৈগী স্বুবদ মী কপ্পী, মী নোকই,
শেগায়রব খুঙ্গংগী য়ুমসে থরায়তান নোকই ;
অরাংব ফুরা কোর্টকী কিরাল তুমিন তুমিন তুমিন কপ্পী ;
ইউ, এন, ও, গী শরিক চার্জ কিয়েল পৃথি চেকথাইহুনা চংখি ।
ডাও ঈশৈ ডাও অশংবা লৌবুক নঙস্থু ডাও—
থাও তাল থাও কারখানাগী মেশিন মখোন নঙস্থু থাও
কঙলৈপাক্কী নিংডম চেক্লাগা তালচান মুংশিব স্বুরদা
ডাবদা মীনা মুংশিনব, মুংঙাইনব শকপদ
নঙগী ঈশৈ নঙগী খোঞ্জেল পৃথিবীগী ডাবোক্লা তারগা
থঞোয়গী অমম্বদগী নিংখিব ফুরা'মা শাহুনা
নুমিৎ, থা, থরাম্মিচাক ডপ্ন ডপ্ন ডাঙ্খোরকপদ

লৈরংদ মৈ ঙু' ঙুং চাখংলকই,
কোলহিং কারব পুখম তেংগোং থেক্ল নৌনা জগোই শারকই।
কংলৈপাক্কী নিংতম চেক্লা বিশ্ব প্রেমনি নঙ
নঙগী মঙ মালেম মীয়ামগী ভাইবং
নঙগী ঈশৈ পৃথিবীগী থরায়নি
নুংশিবা স্মুর ঐখোয়গী পুন্সিনি।

---

## ভারতবর্ষ

রেডিওদ
টেলিভিশনদ
সেনেমাদ
খবরগী লমায়দ
অফিসকী ফাইলদ
মন্ত্রিগী ভাষনদ
সমাজতন্ত্র।
গনতন্ত্র !
শান্তি !
বিশ্বশান্তি !
নিংতম লৈপাক !
স্বালৈপাক !
লম্বীদ
গলিদ
শহরদ
খুঙ্গংদ

লৈরক্ত
খুলক্তা
চরিতুং
হকচাংপং
শরুপোলাং
তাইবঙ লৈরাং
লোংখাক্লোং
ঈনা পুমঙাং ঙাং
মনিং মমাং
হোত্রোং হো
তাইবঙ তিঙ্গাকোক
মতু লৈমা কা কোক।

৩০ নভেম্বর ১৯৮৪ ইং

---

## কাংজাউ'মা হাংখ্রবগী মতুংদ অতিয়া

কবিগী হাংলিবা ?
চিরবুদি হাংতোক্পাসিমঙাইদনা।

হন্দক কাংজাউ'মা খুপাক্লা শেং লাওনা থাদুনা
হাংতোকপদ লৈহৌরিব কাংশিংদো
ঙুং ঙুং অতিযাশে পুমনিল নিল্লী

অমর রহে।
অমর রহে।
অমর রহে!

অহুবু, নুমিৎখুদিং পুন্সিচুপ্পা নোংজু নুংশাদ
শুহুনত লৈবদ চাক চারা'মা পুক থল্লা চাব
ফংজদ্রব ; অহিং ঙহাক্‌ভং পোথাবদ কাংথল'মা
খন্দুন তুম্ব ফংজদ্রব মীওইশিংহুগী
থম্মোয়গী খোল্লাওদি
অসি ওইবোইদ্র ?
কাং পার্টি মুর্দাবাদ !

২০ নভেম্বর ১৯৮৪ ইং

---

## শুভ যাত্রা

অহুঙৈ হায়নৈ,
    ঈশিংপুন অথনব
    ফৌ শংবাই অচোব
    চৎলমদাই থোকলমদায়
    উনব
    ওক্লব
    থেংনব
    মহয় য়াল্লি ।
অহুবু হৌজিক্তি অহুম্না লিশিং-লিশিং
পরেং পরেং ইমাংদ প্রোসেসন
চৎলবস্থু
অমঙ্গল ।

৭ ফেব্রুয়ারী ১৯৮৪ ইং

---

## য়াকাইরোল

হৌগংলোনে ইবেম্মা য়াকাইরোনে ইবুঙো
থেঙলেনে মতমসে তমকলেনে ক্বাক্লা
থোরক্লেনে নুমিৎস্থু চীংদোল'সিগী চীংমাইসিদ
উহৈকাস্থু মুলক্লে অচুম্বগী মঙালনা
চেকখাইরক্লে চেকপল'সিস্থু নিংখাইদোরে ফুরা'হুস্থু
কোরৌমাগী মৈশানা মালংবগী ইথক্লা
উদ্রবরনে ইচেম্‌। তাদ্রবরনে তামোচা
নমাংদগী মৈরাদো তনিক্লব খোঞ্জেলদো
ইমুংদগী উররোয় অমম্বদ লৈরগম্থু
থোরক্‌তুনা মপাম্দ অঙানবদ য়েংঙুনে
ভিনফামা চিক্‌ত্র কাকৈক 'মাস্থু তোঙে
লৌথোকসিনে ঐখোয়বু মাংহনসিনে মখোয়বু
নোম্‌সিবা পামেলসে মউ সিদ পাইতুনা
খুগাইসিনে চেকপলসে নংত্রবদি উররোয়
লাওনে নখোয়স্থু ইভোমতনা কুইগনি
কিগন্নুবা মীওইব কিরবদি পুমহুনা শিগনী
নুংপাকুনা নন্‌ববুদি চীংজাউসিনা মফৈজ
ভাঙ্‌বলসিস্থু মানা য়ুমসিস্থু কাংনা
ফম্লনুব হৌগংলো তুম্লনুব য়াকাইরো
লাইজনু্দ লুপশিনসি কাংমৈকস্থু খুশি
খাঙমদন শিখিনী লৈঙমদনা মাঙখিনী
অমম্বসে থাদোকসি নংত্রবদি শিরনী
ফিজেৎতী কজরে, চাকচাস্থু হোঙে

খাখলস্থু নেʼরে মওংস্থু ওন্থোকলো
মপুনা হায়বদো থাজরবদি পুম্মনি
চিম্বাল থোংদ খোইহিনি খম্মোয়নুংদ হুনি
পৃথিবীনা লৈবগী গাড়ী চাকানা ওনবগুম
লৈশিনে ঐখোয়স্থু তালচানা মখোয়গা
ফজদরা য়েংঙ্ুনে অচুম্বগী কৈথেলদো
লাওরক্লি মাইকৈপুম্বদ নিলখোংলব খোঞ্জেলনা
নুংশি হৈত্রব মালেমগী মৈফুদ লেপ্‌তুনা
লাকলো য়াকাইরো লৌমী শিম্মিশা
হৌগংলো চংশিনলো থৌনাক্কব শহিদশা
লৈরগনু ইমুংতুদ মৈ হোরব য়ুমনী
ফমুংতুদ হীপলগনু কাংখতুদ লিন লৈরবনী
অচুম্বনী খংগনি য়াকাইতুনা যেংবিয়ু
থাজদব তৌবিগনু নৈনতুন খন্নবিয়ু
তেক্‌থরবা য়ুমসে শেমতুনা য়াররোই
শেগাইরব ফুরিংনা ফোংতুনা ফজররোই
লৈরগনু শোলবশিং অকম্বগী জয়সিদা
থাজবিয়ু নুংশি রাহৈনা চোংভবনী তম্পাক্‌
খন্নবিয়ু নিংথিরব শক্লা ওইদবনী থবক্‌
ফিবমসিদ লৈরিঙৈদি অতোংবদ লৈথোনবনী
নীতিসিন চংলিঙৈদি অকুৎপদ লৈতৌবনী

১৯৭৫ ইং

---

## নোংমৈ মখোল ১৯৮৭ কাছাড়দগী ইম্ফাল
## ইম্ফালদগী কাছাড়

ইম্ফালদগী নোংমৈ মখোল থোরকলিবসে
মতম ফন কুইরে ।

ইম্ফালদগী নোংমৈ মখোল তারকলিবসে
চহি মশিং হায়কেৎ য়াম্মে ।

শীংজমৈদ কাপ্নখি ।
বাশীখোংদ কাপ্নখি ।
কা কৈথেলদ কাপ্নখি ।
অহুদস্সু অহুদস্সু অহুদস্সু ।

অহু'দগী অপারেশন
কোমবিং অপারেশন
নুপী অঙাং মপান থোক্পা ঙম্লরে হায়নৈ
নহাপাখং কয়া কয়া
থাবল চোংকমদগী, বাজারদগী, দুকানদগী
লম্বীদগী অস্সুম চৎপদগীস্সু মালি হায়হনা
কাপ্রে হায়নৈ, ওস্তোক্লা শাথিনা
ফুবীপ্রে । নত্রমারে থাদোকপীরে হায়নৈ
পংতদমক তাবনি ।
পংতদমক তাবনি ।

ঐগী ইচে'মা ইচন'মা মরূপ মপাং কয়ামাস্থ
লৈখি। কমদৌরিব ? হিংলিত্রা ? শিঙ্খিত্রা ?
পাও অমত্তা তাদে। চিঠি অমত্তস্থ ইরক্তে।
অসোমদগীস্থ চত্তুনা ঈ-পাও লৌরুনব তৌদে

অহুবু, নোংমৈ মখোলদি লেপত্রি
নোংমৈ মখোলদি অস্থম অস্থম কনথংলকলি
নোংমৈ মখোলদি অস্থম অস্থম কনথংলকলি
নোংমৈ মখোলদি অস্থম অস্থম কনথংলকলি।

১৮ ফেব্রুয়ারী ১৯৮৩ ইং

---

## নোংবান পাওয়ার

মচিন্দ মৈরিকপী মৈজাউবী
তৌথোরক্পদ ঙেং লাওবী
রাজাউ ঙাংবা লমজাও চংপা
ঙাংথোবক্পদ য়ানথংকে থিনদংকে
কাপখাইগে থোমগাইগে।

থিবোং চাব কংত্রি'সিগী, থবক কংত্রি'সিগী
ওং-মৈরি'সিগী মায়োক্ত মী হায়বা মীদো

ওইননবগী
মশা মশানা হৈজৰ পাওয়ারদো
পোক্খাইরসি হায়ত হায়রবদি

ভুতদৌনা খাই ।

লুপীমাংদ পাওয়ার, সিনেমা হোলদা পাওয়ার
মনিংথোংদ পাওযার
নোংবান পাওয়ার ।

১৭ জানুযারী ১৯৮৩ ইং

---

"চীংমান কোকথোরকলবদ"

উমং রামং চীংমান অস্নুম কোক্থোরকলি
লৈংক খুল্লক শহর গলি উ পরেং পরেং থাগংলি
উমং রামং চীংমানগী শা
তমদ শেমগংলকলিবা উমং তম্না চেন্থোরক্লে !

১৫ জানুয়ারী ১৯৮৪ ইং

---

# দি লাইফস্ অফ দিস সেনচুরী

ব্লেকাউত, ওয়াকাউত, লকাউত, বনদ, পথ বনদ্, ষ্ট্রাইক্, হাংগার ষ্ট্রাইক্, য়ুম মৈথাব, থোং মৈথাব, গাড়ীমৈথাব থাব থাব থরাই থাব, ঘেরাও, মোরফিন কাপ্পা, নোংমৈ কাপ্পা, বোম্ কাপ্পা, শেল চাব, লাঠিচাব, নোংমৈ গুলি চাব, মীতোপ তানব, শেল ভান্ব, ক্রাইসিস্, ইকোনোমিক ক্রাইসিস্, পলিটিকেল ক্রাইসিস্, পাওযার ক্রাইসিস্, প্রগ্রেসিভ্, ডেমোক্রেতিক, পিস, ইন্টেগ্রীতি, হিউমেন দিগ্নীতি, মাস রেলী, দেমোসত্রেশন, প্রোসেশন, ষ্ট্রাগল, ক্লাস ষ্ট্রাগল, আর্ম ষ্ট্রাগল, পুলিশ, আর্মি, রেড্ অপরেশন, কোমবিং অপেরেশন, অপেরশন ব্লু ষ্টার, রিভোলিউশন, সলিউশন .... .... .... .... ........ ।



অইবশিংগী মথং কোংনগদব শৈরেং লাইহিক

"ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণব গেমোরেন্দম্"